১৯৭২গী সরকারগী মতেংনা কোঙবা

# ব্রাংমদা

অইবা

কোইজম ধীরেন

মমল লুপা ৩·০০

অকোংবা— সমাজবাদি ব্রজমোহন শর্মা
কাকৈথেল।

মথুম য়েকপা— বাই, কৃষ্ণচন্দ্র
খুরাই লম্লোং বাজার।



অহানবা কোওবা
মশিং— ৫,০০
৩১ মে, ১৯৭২



নমম— নোভেলটি প্রিণ্টর্স, ইম্ফাল।

# য়াওকম

## পুন্সি, সমাজ অমসুং ঐখোয়

লৈখাদ য়েংলগা পিকশিল্লি
ঐখোয়গী পুন্সি।
অহুগা থক্ত য়েংখংলগা
অর্থ লৈ হিংবগী॥

সিংহাসন 'হুদ ফম্লম্মী গধা অমা
অহুগা য়ায়েল্লম্বা।
য়োংজাও হনুবহুনা থেমখি
থেব অঙোবা লৈশাবীহু
লুহোংনবা।

সহস্নগী মোংলবা নালাদ
মকোকা মশাগ তোঙান-তোঙান তাম্মী।
য়াখল লৈরবা পাখণ্ড অমনা
য়েংখি দৃশ্তশিংহু, মশিংথা ফুদোক্তুনা;
'হুগা মতোমত শিজখি।
মতোমত শিজখি॥

## য়েৎঙুবদা

শংগোল নাহেবা অমগী
মথক্ত তোংহুনা য়াওরুই
মুপা অমা— চাওখৎ লমজেন।
নহো পোহুনা
অরিবা অনৌবা য়াখল
কান্নদবদ— হুজিক্ত মফয়ে॥
খংনিং নিংশিংলকই—
মাগী মুপী, মচাগী নিঙাই
হল্লক্লে, ময়ুমদা অহুম্মক
ঙৈহাক লৈরগা তারক্লে
লমজেন অথোইবহুগী মমিং
কল্লকপদি পোক্লুই মুপাহুনা
খল্লগা 'হুম তুমথগে, হয়েং'মুক্লী মপোক্ত॥
উরক্লে—
ঙৈহাক লৈর চৎখিবা
কৈশাল মউল উপ্পা গধা
ঙাংনহৌই— কয়াম কুইগদৌরি মসিনা।
য়াও শজু মরক্ত
গধা 'হুনা হোৎচিল্লুবদা
কায়হুনা চেনগ্রে খংদবনিনা
ঙৈহাক লৈরগা তারক্লে
য়াওশেনবহুনা গধাহু হাংথে॥

অতুম্মক

(১)

কৈদৌরিবনো নহাক্কী
'সিমত্তং হায়রম্লগা মহাক
চৎথ্রে'মুক হল্লক্লরোই হায়ত্নুনা ।
কম্বল ইনবা মুপা অতনবতুনা থাগৎলম্মী
হোৎনবা কল্লি লৈশোদি, শবিম্নু লৈচাক হোৎলিয়ে ॥
মুপী অতোম্বীনা কাম্মী, লিল অমোমগুম খু-খু
মপুরোইবগী উইল— শিরমদাইগীত্নু য়েংলগা ॥

(২)

অঙাংত্নুনা পঙতুনা লিক্লবনি উচি মখুন্দ ঙারিদো
কবি কান্নগে ঙারিবু, শঙোম্নতুম হেন্না কৈ হকচাংদি ।
অস্নুম্না হেক হায়রবগী
লোহশিল্লকপগী য়েংখৎলুবদা
কুইরবা—
থাইনগী ফক্লাং মচেত্তুদ
অস্নুম্না ইতুনা লৈরম্মী—
ঐগী অয়েকপা লাইসে
লোইশিনগে ভৌবনি ঙম্নমদ্রে
ফংদ্রে মসিগী মচুদি মফমসিদ ।
রাখলদি লৈরি ফোংদোক্লবা
পোৎ-চৈদি ফংদ্রে য়েকথোক্লবা।
মত্নুদগীনি ঐনা নিংহম্নথিবা ॥

(৩)

(৩)

হায়রিঙৈ ভাজা অতুম্মক্তদ ; হিয়াং অথৌবা ওল্লহুনা
লাকখি মকমত্তুদ চীংলেম্ম ॥

চীংমাইগী লোইরোই তৌরকপা চীংয়াগী পূক্লিং হুরবা
দৃশ্য অমদা, দৃশ্য 'মদা—

পাউদমই, কেনা নৌনা থম্মোই হুবা রাঙাংনা
'সুংশিবা'— পাপ হায়বু করিনো ?
'কৈগু নত্তে, ঐবু পেলহনবা অহুনা
নঙগী পূন্য তৌবনি— লান্নকমনি।'

নংহৌদে— হাৎখি হিয়াং অথৌবহুনা
অহানবা মপুরোইবনা ওল্লকপা ॥

(৪)

শগোল লমজেন থারুবদ শেল মাংলবা মুপাহুনা
কল্লকখি পুন্সি অমথক— মুঙাইবা।
মীহৌখি রাহয় অমথক— অসিগুম্বা ;
—থম্বুরম্নবদি খজিকং ॥

মুঙাইদকো অঙাং ওইরিঙৈ
ইমাই মতম্বাক্ত লৈরেঙৈ
রাখল থনবা হৈত্রিঙৈ,

পোখানিংলে হুজিক্তী, পোখানিংলে ॥

কানি চাহুনবু ভুমথপ্রসিরা ॥

অমুনবা উহৈনা
কেল্লকই লৈমাইদ—
মতম থর লৈরগা, উহৈনা মতোল চোংহুনা
উপাল উরেপ ফারকখি, করিমত্তা মাংখিদে ॥

# লম্নোং মরি ক্ষাংবদা

তপ্পা কিজিহুনা পাইহুনা
মহাজন মুপা অহুপী; থৌরানি অহুনা চিংশিলম্মী।
সংস্কৃত শ্লোক ললোনবা
থৌরানি লাবা অহুনা; উহৌরম্মী 'নিনা চংখিবহু।
য়া ভাংঙমদে, চংখিরম্মী, থম্মোইদ ভুমিন খংজিল্লগা
হনখি, করিমত্তম্ হায়রমদনা ॥
লমদাই থাংজ মুমিংত্ত, শরোই খাংলম্লগা মাইবীদো
হনখি করিমত্ত' হায়রমদনা
মুপামচা খরম্ম লেপ্তুনা, য়ারী শারি অম্মমক ॥
লাওহুনা চংখি কনানোম
ইনক্লব-জিণ্ডাবাদ, জিণ্ডাবাদ ॥
কল্লাং অমদা য়েংখৎলুবদা; থেৎলম্মী ভুক্কচরবা লাই'মা;
নোক্তুনা চংখি 'নিহুদি
রিক্সো মথক্ত তোংলগা ॥
চাম্লিবগী কংজরকপা চেংখাওহু
শলনা য়াইখাইহুনা হৈদোক্লম্মী
কপখি মখোঙ মখুৎ তিংথোক্তুনা
ওসিগী চরা; ঐগী পুন্সি।
চৈরকসিদ, মশা নাল্লবা বাবুগী, কাং নাল্ল' মশাদ
লৈফুলনা ইকুপ কুপশিনখি, হরাগাড়ী' হেক লেংথৈনবদা।
ঙৈহাক্তং পূমচিক চিক্লুরগা
নোঙাল্লমদাইদা 'মুক তারক্লে
কৌণ্ড ঈশৈ, শনগাড়ীয়ালাগী ঈশৈ;
মুঙাইনা শক্তুনা চংখিবা ॥

# কনানো তোংজরিবা

হিংলিবা !
শিন্নিবা !
হিংগদৌরিবা !
শিগদৌরিবা!
কনানো তোংজন্নিবা ?
কনানো তোংজন্নিবা ?
মফম'সিদা লাকপগী, মফমসিদা হিংবগী ;
হায়য়ু কনানো ?
হায়য়ুনে— ?
চেম্হরক্লিবা ঈচেম্না তোংজত্রা ?
তাওথরক্লি' কৌশিংনা তোংজত্রা !
লৌনম্বাম্না তোংজত্রা !
অমত্তদি মহায়য়ু !
অমত্তদি মহায়য়ু !
পূম্নমক তিনখিনি ঈপাক্ত
চেম্হরক্লি মতমগী ঈচেন্দ
কনানা তোংজবা কংবগে ?
হায়য়ু কনানা তোংজবগে ?

# সভ্যতাগী মীওই 'মথক

(১)

লাকখি মী অমথক, সভ্যতাগী
মফম অহুদ ; মফম অহুদ
ময়াম য়েংনখি, য়েংনখি ময়াম
তপ্প থাংই মখোঙহু, অমাঙবনা পুমতৈ তৈরবা ;
হায়রকই— থিরুবনি চাওখৎপা মীওইবগী মফম।
চাওখৎপা থিবদা পুথখিবা, অমাংবা তৈবা মখোঙহু
চরা হেন্নুরবা হয়িং কোংয়াম্বীশিংনা, পেন্না লেকৃখি।

(২)

মমিৎ নামনা ভৌদোং পকৃই
য়েংহৈদবা য়েংঙুবগী
নামদি পাংলি ; তরু-তরু
ঈশ্বর থিননবা ; উননবা ;
থাইনগী রাখল থনবদগী
ওইরকপনি হায়খি মমাইহু
য়োং অতনবগী শক্তম।
মথুৎ য়েৎথংবহু তেল্লি, কারবারগী সেরকালা ওন্নবদা
খংলক্তুন হুরানবা, ফত্তে হায়বা কায়নথংদ
শাংদোরকপনি হায়খি— ওইথংবহুদি— ॥

(৩)

কুরাংবান্দ ;
সভ্য-মুংশিংনা তপ্প হুম্মী
অনৌবা য়াওল অমা লাক্লবা।
অহুবু মীয়াম্না শকথঙবিদে মুপাহুদি
কান্নত্রবা কৈশালগী মউন লিৎপনিনা।

(৪)

অহল ওইশিল্লক্লে ; চহি য়ামশিল্লক্লে
ওল্লিবা হায়ববু মনাকোং ; শুপ্লতগী তানবা
থবক তৌবা ওমদরে, মগুম শাল্লে, ব্বারক্লে ।
নাকোংনা তাই, খুৎনা ওমদে ।
মীৎনা উই, খোঙনা চত্তে ॥
স্বর মপী হোন্দোরকপদা ;
য়াওরক্লি শুপ্লতগী— থৌনাগী আশা
ব্বাখলগী ঈথক ।

(৫)

থর লৈরগা হায়নরক্লে— 'মুপা অহু শিত্রে ।'
লোইশল্লমদনা চৎখ্রে, 'মানা শাল্লরম্বা ব্বাখোংগী ভুট'
চৎনখিত্রে লম্বেলহু, মানা চৎলম্বা—
সোরোক অমনবা তাগ্রে
মীওইবগী পুক্লিং শোম্নবা লম্বী ॥
তাওথরকৃখি নোংম মশাহু
সভ্যতাগী ঈশিং ঈচাওদা
ব্বাখলগী ঈপাক্ত তিন্নবা
শিরফাও'দ মাগী আশা ॥

# তেলঙ্গা মমৈ পান্নবা

(১)

অরিবা লাইরিক খ্বর
নম্বো পোত্নবা মুপা'মা
মকম্থি থাত্নবা চেল্লকখি
লাম্থোক্লগ লোইরে লম্বেল'সিদ।
হন্ন-তুন য়েংদে, চুমত্রিং লম্বেল'থুদ॥

(২)

লেত্তেক্ট মোডেলগী রাখলগী কার;
অমগী মথক্ত তোংত্নবা থৌরকপা
ফিলোসোফর অমনা তকথৎখিরম্মী।
মুপা অত্থু শিরে খুদক্ত
লাইরিক ময়োমদো চাইখাইখ্রে।
অঙাং খরনা হুপচিল্লক্লুনা
তেলঙ্গা মমৈ পানগনি
হায়ত্নবা লাইরিক্ত লাক্লরি॥

(৩)

মপানা কম্না চিংখোক্লি
নখোঙ-নখুৎ শোক্লমু, অরুবা লাইরিক ওইরম্লি।
য়াদে মচান্নুপাত্নবা, নিঙ'ই তৌত্নবা কপ্পি,
তেলঙ্গা মমৈ পান্নবা॥
খমজিল্লবদি কাল্লনি
খল্লহন ফিলোসোফরনা
লোইনা খোমগৎলগ পুখিরম্মী।

(৪)

খর লৈরগা হায়নরকখি
ফিলোসোফরন্থ ঙাওগ্রে-ঙাওগ্রে।
ঙাওহুনা চৎগ্রে ॥
লায়েংবা চৎগ্রে ॥
হল্লকখিনি।
ফয়কখিনি ॥

(৫)

কনাগুম্বনদি, 'থাজদেস্থ হায়নরি'।
থিজিনবদি ফৈ, য়াওরমগনি কান্নবা
মচান্নুপাহুনা হায়বদি
পোৎক্ষমদা খন ওন্দুনা
য়েখোক্লগা লাইরিকাশংহু
য়াওশংগী খরচ ওইননি।
লৈত লাইরবা ইমুংহুগী রাখল অহু উরগা
হৌদোং অহুনা তুমিন্না, কৈস্থ খংদনা কপ্লিয়ে।
হুই অহুনস্থ মপুগী, নিংবা কায়বহু উরগা
খোংলিয়ে ; কপ্লিয়ে ॥

(৬)

মুয়োম্নবগী লৈশাবীহুনদি
হৌন-হৌন পারক্লি, অর্থ করিস্থ খংদনা
কবিতা খর ; 'মীওইবা অমস্থং রাখল'
'হিংবা অমস্থং মীওইবা ; মিংচৎ অমস্থং তুমাই চজিক'।
হঙ্গাম য়োনবী মমাহুনা
কান্নস্রে, তানিংস্রে খল্লহুনা
থমজন্নবা কল্লা লাক্লরি।
লৈবাক্কী অহে-অশিং খরনা পাউ'হু তানরক্কুনা
লাকখি। থিরখি। হংলখি। লাইরিক অহু লৈরিব্রা ?

# মরূগী পাম্বী

যুগ কয়াগী মমাংদগী
মী কয়ানা হোৎনরকই—
কাক্ত অঙৌবা মচু তৈশিল্লুনা
উরোক মাম্না খোংলরুবা ॥
ওসিস্থু হোৎনরি মী কয়া
হোৎনবা লেপ্তু'খৈ
নিংহন্নবা লৈতনা ॥
ওকখি অঊবনদি— করিমত্তা হোৎনজ্রবস্থু
অপিকপা খোংনাং মরূনা
চাওরবা খোংনাং পাম্বী ওইরকপদা ॥
চাওরবা খোংনাং পাম্বী ওইরকপদা ॥

# হিংলিবা থিওরি

কিন্থয়কথি শক্তম অমা
মচেৎ মচেৎ তানা
শক্তম 'হুদ চিংনখি ;
মীয়াম্না—
ঐগীরা ?
মাগীরা ?
সমাজগীরা !
খোঙকম'মন্তুং হল্লি—
ঙৈহাক লেপ্পী ; কোয়য়েং য়েংই ॥
পুন্সি 'মগী য়ারী
মীহৌরোলগী য়ারী।
য়োংদগী মীওইবা
মীওইবদে ওমথৈ নাইদবা 'মদা
মহু হুজিক ফাওবা থাজনরক্লি ॥
সাইন্টিষ্ট অহুনা নৈনখি ;
মীওইবগী শরু-শয়াং—
সুংশিববু মেছিন্দ থাজিন্দুনা চাংয়েংবা।
মহুগী মায়োক্ত—
ফিলোসোফর'হুনা হায়খি
মীওইবদি মচল মঙানা শেম্বনি
4+1=5 ; 3+2=5 ; 6—1=5
মসিবু থুগাইহুনা থিয়ু ;
থিয়ু থুগাইহুনা ॥
মসিনি ঐখোয়না হিংলিবা থিওরি।
নৈনগদৌরিবা থিওরি ॥

# চোংশিল্লক্লে হুজিক্তী

মরৈ য়েংনখি ।
মশিংখা ফুদোরুখি ।
অনৌবা ডাক্তরগী হিদাক্লা
শিখি প্রজা মীচম অমা ।
চহি মঙাগী ঠিকা কাওহুনা
নোংশা মউন উপ্লম্নবা, গধানা রায়েনবা উরগা
লমহুই অমা হায়জিল্লক্তুনা, সিংহাসন অহু মুনখিরম্মী ॥
ইঞ্জিনীয়ার সার্টিফিকেট লৈবহুনা শাখি
উরোকথোং অমখক
শজাখি—
মন্ত্রি মানবশিংহুনা
হাকথি থনবদা অঙাংনা
লাই কন্তবা চোংথোকখি ; চোংথোকখি
চোংশিল্লক্লে হুজিক্তী
চোংশিল্লক্লে ॥

# ঐ হিংলিমগে

যুগ কয়াদগী—
যুগ অসিদ
হুমিং থোক্লি
থা থোক্লি, থরানমিচাক ঙাল্লি
ঐসু হিংলি।

হুমিং তাখি
থাশি ওইরকখি ; 'হবু—
ঐ হিংলিকো।

হৌজিক্কী মতম অসিদা
শূদনা হুন্ডাইবা পাম্বা, ঐগুম্বনা সমাজ'সিদা
চমম্মরকই থল্লুবদা ;
হিংজ্রমগে অতনবা, সমাজ'সিদা ঐগুম্বা ;
সমাজ'সিদ ঐ।

রাখল লৈতবা মীওইবদা,
চিংনহল্লি !
হিংখিরম্ব্রা ?
হিংলিব্রা ?
হিংলকখিগদ্রা ?
চিংন-চিংননা ;
ঐবু হিংবগুম তৌইদ ;
নত্তে, ঐ হিংলিদ ঃ ॥

## মতমগী বাখল

(১)

ঐগী অশোয়বদি হায়দোকচরোই
মীগী অশোয়বদি পুথোকচগে
ইশানা ইশাবু থাগৎচগে
মসিনি ঐখোয়গী ক্রিটিসিজম ॥

(২)

ঐখোয়গী পৃথ্বীসি কদায়দা লৈ ?
ঐখোয়না হিংলিবসিবু পৃথ্বীদরা
উনগী লৈবাক্তরা ?
সহরাগী লৈঙোইদরা ?
মসি'মক্তা নৈনরোই, ওমন্না ওম্নরোই
শুপ্নগী কা মচা অমদা মীওইবা লৈরি।
চাক পুথম অমগী মীওইবা হিংলি ॥

(৩)

তুম্মু হৌগৎলকপদা মীওইবনা থল্লি
চাক পুথম 'মত্তং ফংননবা
তুম্নমদাইদনা পাম্মী,
মুণ্ডাইবা ফম্মুং 'মত্তং।
ইন্দ্রিগী অপেনবা থরগী
হিংনৈ, হিংনরিবা কাংবুনা
মসিনি মতমগী বাখল।

## মীণুংকম

অঙ্গ্রোদগী থুংলখি
থাইনগী শাইককৃপী লৈশাবী অমা
ইস্ফালদগী লাকখি— মোঁ মানবী লৈশাবী অমা।
অমাংশং ময়াদ সন্ন্যাসী অমা
ধ্যান তৌরি ঈশ্বর ফংনবা॥

অপুম্বী শোরেল থরনা
ডেংথারকখি, ভুরেল খোঙবান্দগী
নখোয়গী নরক্ত ঐস্থ য়াওগে। কৈদৌবগে ময়াওগে?
অঙাং থরনা তান্নখি
লাইমৈ থানবীবু তন্দম্নী হায়রুনা।

লুপ্রাবী 'হুনা নাওশুম্নী
মংচাবু মনঙ্গন্দা পোহুনা
চানঙাই ভুনঙাই রাখন্দ, পিগী ঈরা ফংদৈখে।
থেংলক্লহুনা ময়ামদো
লোইন-ভুম্ন হিপ্পগ্রে॥

# ৱাহং খর

লেপ্পী,
লেপ্পিঙৈদ চংশিল্লক্কুনা হংলৈ ?
করিগীদমক্ত হিংলিবনো ?
কৈদৌনবা হিংলিবনো ?
চাননবরা ?
শুননবরা ?
নোম্লনবরা ?
মুঙাইনবরা ?
ৱাহং অসি লাকপদগী—
লমহুইগুম্বা, গধাগুম্বা, নোংশাগুম্বনা
মীকম অমা কৌহনা নৈনখি ।
পুথোকপা ঙমখিদে ।
হায়দোকপা ঙমখিদে ॥
মঙক্তমক নোম্নৈ
থঙদে ভাব ভাবগীরা ?
ভাদবগীরা ?
মশানা মশাদ হংজৈ ।
মীন মীদ হংজৈ ।
ৱাহং খরসি ঙসি কাও ॥

# পুন্সিগী শেনখাই

অহৌবস্থ মানি
অরোইবস্থ মানি ॥

মরক অসিদা হংনরকখি—
জাতি কয়াসি কদাইদগী লাক্লিবনো ?
কদাইদা লোইখিগদৌরি
কৈদৌঙৈ ?
কৈদৌঙৈ ?

গীতা পাবদা থেংনৈ
৪,৩২,০০০ = য ;
১য = য ; ২য = ২য,
৩.য = ৩য ; ৪.য = ৪য
তিল্লুই 'মুক-মুক, জীব খুদিংমক মঙোন্দ
খরতন থরম্নে রাখলসি
অরাংবা রাখল লৈবনা ॥

মসিগী ওন্ন-তৈনবদনা
চাক্লীবনা চাক পাম্মী—
কারবাররালানা শেল পাম্মী
মানা মানা পামজবদা
মানা মানা মহোৎনৈ ।
সমাজ অমদনা ঐগী ! ঐগী !!
ঐগী ভাক
অতোপ্পা নাকন্দা মীগী ! মীগী !!
মীগী ভাক
মসিনি পুন্সিগী
শেনখাই 'মদা য়েক্লিবা
নাকন্দা য়াওরিবা লাইশিংহু ॥

# কালাকার

খোইরুনা শাবা শক্তমদো
শৌদোকখি লাংবন মুংশাদা ;
মওং অমা কায়না
মতুদগী নিংহন্নখি মহাক ॥

ফন মাইপাক্লে খনখি
অনিগুবা শাবা অতুদি
লৈরি ঙসিফাও লমহাংদ
মরূ-মরাং পান্থী ঙাক্লুনা ॥

লোইশিনহৌদ্রিঙৈ মরক্ত
নিংখাইরক্লে মূর্ত্তিদো
নোংজু পান্থা ওইবনা
নিংবা কায়রে অমুক্কা ॥

মেলা ! মেলা !!—উৎথোক্লবগীদমক্ত—
মনা ! মনা !!—পৌনিংবনা
ফাষ্ট ! ফাষ্ট !!—ওইনিংবনা ।
মীয়াম্মা মাবু শকখংনবা
নিংথিবা আর্টিষ্টনি হায়ননবা ॥

পাক্লবা ষ্টেজ অমনা
ওইহল্লি মমাই ;
অতুদগী লুরবা ঈচেলনা
ওইহল্লি মমিৎ ;
অরানবা পাউগী রাফম্না
ওইহল্লি মনাকোং ॥

মচিন্দি ফোংচিক্লে য়েত্তুম্না
মথোঙ নামনা শল্লংকাক্লুম
মখুৎ 'নিনা নাকোংদ ;
লোইশিনখিদনা অতুম তুমথক্লে
রারক্লহুনা লাই শাবহুনা ।

# লাইকদিবী

নিঙাই ভৌমনবদগী সুপীমচাহুনা
লৈবিরকখি মমানা—'লাইফদিবী অমা'
চরা রানবা লোইবগা—সুপীমচাহুনা
খুৎলোকপী, অমাং-কোইরোই, য়ুমশাবী
মরুম কোনবী—'পুন্সিগী খোঙচৎ'
অসুম চেস্থরি—ইম্ফাল তুরেলসু লেপ্তনা ॥
লাইফদিবীদো লুহোংবীরে
খর লৈরগা শিখ্রে।
ফুমখ্রে কপ্প-কপ্পহুনা।
য়েংলম্মী, তুংহন্দুনা 'মুক্তং
মীওইবগী হৌখ্রবা পুন্সি ॥

## তৎলবা লংলা

(১)

হুজিক্কী মতমগী ৱাখলগা
চুনত্ৰবা খূম্নুং অহন্দুনা
অহিং থেংনা হল্লকপদা
থেংনখি লাঙ্গোল লুখোই
কনক থেঙ্গ্ৰা, খোংনাং থাবা
পুয়া অমমম পায়ত্নুনা, লম্বেলেলোমদ চংখিবা
ইগুক ঙক্লা শোম্থাংননা, শিত্রিবোইয়ে নখোয়দি ?
ঙৈহাক লৈরগদি উরকখি
মকোক য়াওদনা ঙম্নমক
'মুক হল্লকপ' লম্বেলত্নুদ।
মকোক পরেংত্নু শিজিন্দুনা ; লাকখি গবিবনিৱাজ
পাখৎখি কিত্নুনা, মিৎ উইশিনখি, ফমথখি।

(২)

উরে হায়ত্নুনা মৈঙ'ল
কিবা ফনবা চেল্লকপদা, থেংনখি
বসন্ত রাস, জুগোপ রূপ
জগোই ঙাক্লম্মী ভৈগ্যচন্দ্ৰ মহারাজনা
লৈবাক নিংথৌ প্ৰজাগা লোয়ননা ॥

(৩)

মরোল খংদবা ঈশৈদা
কপ্পুবগী ভাবোক অহল অনিখক
ফি শেম্নখি মাঙু'ব ময়ায়না।
থম্মোই শেংলবা মীওইবগী
লান্নফমদি—'হে কৃষ্ণ নঙতনি।'
হায়ৱিবা ৱাহয়সি তারগা
শোনখি খুন্নুং অহন্দুনা
'শিদবা মপু, তেংবানবনা য়াইফরে।'

# হিংনবগী হিংনরিবা

(১)

হিংলম্মী মুপা অমা
মমল য়াওদনা মতম খর
হুইগুম্না মপুগী খুয়াদ, লেক-লেক্কনা মপুন্সি ॥
অমসু হিংলম্মী মীওইবা
পথাংগী মতৌগুম মনঙ্গন্দা
পোং থাংল থাংলক্লহ্না ॥
ইকাই খুম্দবা হৌদোংগী
মমাই পানবা অমদি
মীনা চানরিঙৈদা হেক্কমক,
কুল্লে মমৈ ফেৎ ফেৎ হাইহ্না।
'সুম্না হিংলি হৌদোংগুমসু ওসিকাও

(২)

পাইবা উখি উচেক অমা
মচিঞ্জাক থিবা অয়ুক ওন্তা
হম্নকখি মুমিদাংবাইরমদ 'মুক
মপুগী কোলোয় শক্কনা
হয়াওনা 'হাংবা অত্তিয়াদ
উক্রোং অহোবদগী লিংথোরক্কনা
য়েংহৌই চেক্লানা পাইখিবা মাইকৈদু
অহল ওইরবা লমহুইহ্না
কদোমদনো ? কদাইদনো মকোন্দি ?

মশা ফরেদ, হাওরনিদ।

মুমিৎ তাবদংদি ঙাইখিগে
'মুক তুমথখি রাখল তৌহনা॥

(৩)

কৌজেংনা চোংলি কালেন্থাদ
মহৈ-মরোংনা লৈরিঙৈ
হায়রম্মী ককচেং কোকচাওবীহনা
পেমা য়েহ্লো ফবী
তুংগী পোলোয় য়েংনসি॥

ককচেং, কৌজে —কালেন্থাদ
কালেনন্থাদ, নোংজুথাদ অনিমক
ঈশৈ শকপনা ঈশৈ শক্না
নোম্বা কনবনা নোম্ব কন্না॥

(৪)

বারুনী মুমিৎনি ঙসিদি
মীয়াম পূম্নমক হাইগৎলক্লি
লাই থুরুম্নব', বর নিরুনবা
থেংনৈ লম্বীগী নাকল্দ
ইরোই অসিবগী শরু-পোলাং
হায়নখি অথংবা কাংবুনা
রাইনবদগী মাইথিহনা চেল্লকপদগী
'হুম্মক তুহনা শিগ্রবনি॥

# লিলা য়েংবা লোইদনা

ভানু-থঙ্গাং অনিনা
পাউদম্নরি, কেনা মুংশি থম্মোইগী ॥
শক্তি ঈশৈ অমত্ন
হরাওনা বসন্তগী অনৌবা অয়ুক্ত ॥
অহানবা শিল হাইদোক্লুবদা
মোগল শাহ-জহানগী
মুংশি থুদোল তাজমহলদা
লাইরবা লোমী কয়াগী
ঈ মরিক-মরিক পক্লুনা লৈব উবদা কনানোম
মনুংদগী অরা-তেংথারকই, 'হে লাইরবা'
ডিক্টেটর,
নিংথৌপী শাসন, প্রজাগী অরাবা।
লাইট অফ, লোইশিনখিরম্মী অহানবা শিল ॥
খন্দোকখি—
কন মুভাইদৌরি লিলাসে।
শাউখি অমথক্তী মরল্লাই ওইনা
মীয়াম মরক্ত অপাংবা তাখি ॥
নিংথোক্লনা কপ্পক্লনা হায়রম্মী
ঐগী সিংহাসন। ঐগী সিংহাসন ॥
থাজবা মাংলবা মরুপকী
য়ুমদাংবনা কৈনাব উবদা
লিলা য়েংবা লোইদনা
ময়ুমদা লোইনা হনখিরম্মী ॥
পাউতাক অহু খন্নবা
অচুম-অরান য়েংনবা ॥

# শরৎকাক্তুগী রাখল

(১)

অকংবা উ পাম্বীহুদ
ভাহুনা লেপ্লম্মী মুপা অমা।
বসন্ত লাক্তুনা অনৌবা
য়েন্নিং হুনখ্রে পাম্বীহু
মুপাহুদি শরাতমক ভাইশিল্লক্লে, অকংবা উগী মতৌগুম
কোকিল খোঙেল তাবদা অশিবা মুপা অহুদগী
উনশা মচেৎ-মচেৎ কিম্থরকখি।

(২)

লংজা লমহুই ময়ামগী মং খোৎপগী রারী
থিহুনা খোংবা কাক্তুগী; মপাউ অহু তারগা—
মী মকোক পরেং, শিবা মুপীহুনা শাখি
তাইবং শেম্বগী; লৈত্রাই-লৈনেৎ জগোই অমা॥
নোংথাং কুপখি, ব্রজ তাখি, কন্না শিংখি মুংশিংনা
মমশিল্লকখি, শুক্ল মমশিল্লকখি, লাও খোংখি।
হৌন-হৌন ; কন্না-কন্না॥

(৩)

মুমিৎ তরং-তরং হুন্দোরকপদা
কংলে যজরবা লোক্লুং অমা—
অথবা রাখলগী পাম্বী কয়া হৌহুনা লৈরম্বা
মুভাইবা ঈচেলগী ঈশৈনা, অরাবা কয়াবু চেম্থখ্রি॥
মীওইবৈ অরাববু কাউহন্নবা
মতম চুপ্প মুভাইহন্নবা॥

(৪)

থিক্লরগা ফংই মফম কয়া
অফবা ।
খল্লুরগা লাকই রাখল কয়া
হুগুাইবা ॥
অমুক্স্রু লৈচিম্না পুম্মম মমই ।
অমুক্স্রু হেক্ত পুমগুাল গুাল্লী ॥

(৫)

হরিনোংনাংনা খোঙবা তারগা
কনা অমনা কল্লিদো
কোকিলনা খোঙবা তারগস্থ
অহুম কপ্পা ময়াওরি ।
খনখি শল্লংকাক অহুমা
নোংমদি স্বর্গসে নাহুমক্ষনি ॥

## অমাং কোইরোই

কোয়তান তাম্নরি
কোয়চেন চেম্নরি ; লেপ্পা নৈতে
য়েক শলাইগী রাক্ষম
নৈনবা লোইদ্রিবগদ অমথক্লা
পুশিল্লকখি লিক্কলেট অমা—
ঐখোয় অমত্তনি ।
পুংজাও থিন্দুনা হৌদোকখি
সত্য যুগতা ভুমখিবা মুপা অমথক
তাদে, অত্থুম ভুমখি ; নোং চুশিল্লকখি মথক্ত
অত্থুম তাদে ।
নোং খোংবত্থদ হৌগৎলকখি থংত্থুনা
উখি মাগী মমিত্তা মশেন মরাং—
মী খুদিংমক য়োংদোনা ।
মী খুদিংমক য়োংদোনা ॥
মানা উবদা মুপাশিংসে, মুপাগী থবক শুরমদে
মুপীগী ফনেক শুরমই ।
অঙাং নিংথা চান্নম্মী ॥
মুপীনা নৈবাক রায়েন্নম্মী ।
হান্না ভুম্নমদাইদা উখিবসিগা
হৌগৎলকপদা উরিবসিগা, অনিগী খেন্নরম্বসি উবদা
হংজুনি হায়ত্থুনা মুপাত্থু
চৎগ্রি ব্রহ্মাগী মনাক্তা ॥
কুইরবনি— হুল্লক্ত্রী
ঙসি কাওবা হুল্লক্ত্রী ॥

## লাক্ক মরিফুমরিগী মথুন

(১)

শিখি হায় শিরমদে
থোকখি হায় উহৌদে
অমাং কোইরোই তাম্নরি।
মথুন লাক্ক ৮৪ দা
ঐথোয় খুদিংমক হুঙ্গৎ-হুন্দঃ
হম্ন-হম্না কয়ারক, মথুন'সিদগী নাম্থোক্ত্রবনি
(২)
মথুন্দুদ 'মুক থোরক্তনবা
মী কয়ানা পারি, অশেংবা ধর্ম্মগী লাইরিক
চোকথরবা কাংবুনা থোরক্তনবা 'মুক
গীতা, কোরান, বাইবল······।
অরান খুত্তম ফংনবা।
অরান খুত্তম ফংনবা॥
থোরক্ত্রে মথুনসিদ 'মুক
বুদ্ধদেব, চৈতন্য, যীশু খৃষ্ট।
(৩)
তানশিল্লি জ্ঞান, রাখল লৈবশিংনা
জ্ঞানী ফংবা কাংবুশিংনা
থোরক্তে হায়বা থাজনবদগী।
মীওইবনা মপুন্সি কথোক্লে,
ত্যাগী ওইনৈ, সমাজগী
মীওইবা জাতিগী॥
মথুন'সিদা থোরক্তনবা
মথুন'সিদা থোরক্তনবা॥

# কিন্নরক্লিবা

সহর খুদিংদ থমন্মী
অশাবা মূর্ত্তি ভাক্তনা।
খুজং খুদিংনা লৈরি
নিঙ্খাইরবা মূর্ত্তি করা
পূমম মমশিন গ্র 'তিয়া
অওবা য়ুগী মনিল, কুলিগী অশাবা স্বর
রূপ-লাওবগী খোঞ্জেল্লা, স্বর ফুনগ্রে, হোনফম লৈত্রে।
অনৌবা থোনবা রাখলগী লৌনম্বাল
শাথিববা থাইনগী চৎনবীগী ঈচেল;
ঈচেল্লা লোইনা পুথগ্রে।
মতম! মতম!! মতম!!
মীওইবৈ রাখল।
হন্দকী মেলাদ উথি
চাওখৎ জাতি অমগী
রারীদগী য়েকথোক্লপা লাইগী শকুম
য়েংলমদনা চৎখি
পাজল চুয়োনবীহুনা
মচিন্দ মুরম-মরুম শেংলহুন ॥
যাওশং; লাই হরাওবা; এক্স-মাস
ইদল-ফেদরদে; থাশি মৌনি
ভাগ্যচন্দ্রগী মপোক মুমিৎ, দুর্গা-পূজা, মেলেন্দরদ উকই
ইতিহাসকী ক্লাসতনা নেপে লিয়ন, হিটলর, আকবর
ভম্বীবা লোইরম লোইফাম্রিভেদা
কলেজ ষ্ট্রাইক, ছাত্রগী অপাক্বা দাবী পরেং
মুমদা চৎলসি হারহুনা পাম্বক্লা মুপীহুগা গ্রখোয়নি
কৈগু থংদনা হল্লকথি, মুংশি রারী শাহুনা।

# হঙোই মরিল শুৎ-শাৎ

ইনৈ,
মীস্থ ইনৈ
হায়না চোংথোরখি  কবি কয়া
খংদে !   করিনো ?   করি করিনো ?
"বিষ্ণুসিগী  অর্থ  করিনো  ?
মী লিশিং লিশিং চোংথোরকখি
ইরুই  কবিস্থ ভাব  তাদনা ।
নৈনৈ  ক্রিটিকস্থ ভাব তাদনা ॥
হঙোই  মরিল  শুৎ-শাৎ
ক্লাসিসিজম;
রোমান্টিকসিজম
সিম্বোলিজম;
মতৌ তম্বা  অনৌবা  ডিজাইন ।
ঐখোয় জাতিগী  পুন্সিবু
মীয়াম  জাতিগী  মতৌ  তমচনা
ঐখোয়  ঐখোয়  হকচাংদ
রৈহনবা  ওমত্রে  মতমগী;
মীতৈগী  অশেংবা  মুংশিৎ
নোংচুপকী চীংজাওনা থনখিবনা ॥
হে  কবি !
মতমগী চানবা কবিদি
মতমনি  কবি  অথোইবা !

মীগী মতৌ তম্বা; মতৌ তম্বা অমানবা

ন'হোং মতু থেংচিনবা, কাক নওদি ক্রিটিকও

মান্দে মান্দে নহাক্তী, ন্নাহোং মান্দে নহাক্তী

কোকিল মচু মানবা কবি নহা কাক্তুনা

খোঙলক্লগা মথঙই, কাক্লা কাকী মরমচৎ ॥

মচু ফন মান্নহুনস্থ

শাবান ফন মান্নহুনস্থ

অতাবা কাংবুনা মথঙই, কাক্লা কোকিল্লা হায়বদি ।

কাক্লা কোকিল্লা হায়বদি ॥

# ঐখোয়গী সংস্কৃতী

(১)

মসিনা য়োইরে ঐখোয়গী
খন্দ-খঙ্গিল্লুরগা—
হিংওমগনি
শিখিনি ॥
চাওখৎপস্ু পামজদে,
চাওথবস্ু য়াওনিংদে।
শাজগে ইরৈবাকী অগোই
খেক খেক, নৌগ-নৌ বিজ্ঞায় 'স্নুক চ.ওখৎলবদা

(২)

লাও ইতা, পেনা তারুসি—
মুংশিদকো খম্বদো, লাইম মুংশি খম্বদো ॥
চাক চানিংদে ঐহাক্তী
মশুংলাংগী খনবদা
মতমগী থোইবীনা পামজরুই ॥

(৩)

পামজদে পামজদে ইতা
নওগী বসন্ত কোম্ব রৈ
মেরা থাগী সনারৈ
চিঙ্গুগে 'তুগী মহুস্তা
চেনা শাবা সনারৈ
করি খংতুনা ফয়য়ীবা
মীয়োল্লা শক শোল্লিবা
শোয়াস্তা! যজ্ঞদ! লুহোংবদা !!
মৈতৈ ইমা কেল!
মসিনি ঐখোয়গী সংস্কৃতী।

# হৃজিকী মথৌনা

হেন্নুনহা লাইরেম্বীগী ৱারী
পেনা শকপনা শক্লিভৈদ
বৃন্দাবন চৎপগী ৱাফম
হৌদোরক্নুনা অনিদো
চৎমিন্নপ্রবনি অত্তুমক ॥
পেনা শকপনা শাওরক্নুনা
থাংগী কদম তৌবক্নুনা
থঙহৌদনা লোইশিনখি পেনাদো ॥
খোংজোম লানগী ৱারী
ঈগী লৌখোং মরক্ত
পৈশারালী শুবগী
শেল যেন্নবৈ খৎনরক্নুনা
হাৎনখি মথোব মশেল
অমহাদনি খনখি মথোয়গা
মথৱাই থাদোকপা ঙম্না
বীব পাউনাগী ঈ মরক্ত।
পৈশা রালীগী ঈ মরক ॥

# পংথক্লন্মী

পারি অভাং অহুনা
ৱাংলবা অধ্যাতমীক্লা থল্লবা 'গীতা' ।
শক্তি ঈশৈ শঙেন্নহানা
লুরবা রাগ-"ভৈরবী" ॥
ভপ্পা হায়রকখি নাকোৎদা; করিগীদমক্ত হিংবিরিবনা ?
খুম্নকখি-'মহুদি থল্লুদেনা
করিগী— ?
চৎপ্রে মুপা অমদি থাদোক্তুনা
হিংলুবগী কান্নব্রে সংসারসিদ।
উহৈগী মহাও ; ফক্তবা মুপীদ
লৈগনি ; হিংবগী অর্থ শোয়দনা ॥
খোভথাং খুদিংদ
ৱাখল খুদিংদ—মীওইবগী শান্তি।
শল ৱাইনকমদা শেল থানরি।
খুম্নু ভুনকমদ শাওনরি ॥
মখা খর শাংথনা
অমুক চৎলগা রেংলুবদা
থেংনরকই—
পনা শকপা অমথক্লা, খুম্নুং ঈশৈ শকপদা
তাবা লাক্লিবা ভাবোক্লা মকোক ঙাওহনা ওথোক্লম্বা
মমীৎ চোৎপী হন্নুবীহনদি
লৈশারিঙে ৱাকম নিংশিংলুরগা
ইল্লিবা কি থাদোক্লম্বী ।
কয়াদা পামজনা ভোগ্রবা ?

থাগী ভগব
নোংমগী খরচ
বেড়ী মচৈ অমৈ দম ;
বজেট, চাগা-চাদিং
অনাবা'মা, য়ুম লিলাম
বস ! লোয়রেদনা ঙসি
মখোয়স্থ মখোয় থোকপা
ঐস্থ ঐনা থোকপা ।
পংথহল্লম্মী—
হৈন-হৈনবা নিশানা, সমাজগী খজ্রবা মীশিংনা ॥

## ইমুংতুগী ৱারী

(১)

মপাহ্না হায়—
ঐগী ইপানা থনম্বা
পুয়া ; পুরান অরিবা ;
লাইরিক ঙাক্তনি অরুবা।
ইচাশা ; ঙসিদি ঐনা নখোয়দা শিন্নরিবসিনি
মাংহমবা য়াদে, মাংহনবা য়াদে
মতম খর লৈরম্লগা মপাহ্ শিগ্রে ॥

(২)

পুযাশিংহ্ মুক কোন্দুনা লৈহৌরে মচাশিংহ্
হংবা লাকখি, লাইরিক ইবা অমা
য়েংহনখিদে ; পিথোকখিদে
কান্নদবা লাত্তুনা থমখি, লৈরি ঙসিফাও
মশম থাক্তুনা কান্নদবদ, কান্নদবদ।

(৩)

মনাওনুপাহ্না পুরকখি—
মশম তঙ্খাই ককপী মীতৈ নুপী অমথক
পুমশুপ শুপখি ইমুংদ, মাগী রাখল মথাদ
মনেম্বোক্তুনা কপখি, য়ু ঙাওখি নুপীহ্না ॥
লাইরিক হৈবা মপুরোইব, নুপীহ্না ঙমখি, ফজ্জবদৈ
পুয়া কোন্দুনা ঙাওরিবা, ময়াম্বুংহ্ চৎগ্রে
ফৈয়েংদ, অগ্রোদ, মোইরাংদ, ঙাওচৎনহ্না
কাং কোকত্র ইমুংহ্।
নোংচুপকী চৎনবী পামজবী নুপীহ্সু চৎগ্রে
মাগী মুঙাইনবা হোৎনবদা, মপুরোইবহ্ ফাদোক তাগ্রে
রানোম্বগী শেল চারুই হায়হ্না
মমাহ্না ইমুংহ্দ, শিহ্না লৈরম্লে হায়নরকখি ॥

## গনতন্ত্র

মারবল স্লেটনা শারিবা
নিংথৌ পানবগী রারী, লোইখিদ্রুনা গনতন্ত্র শাসনগী
স্লেট মথক্ত থেংচিল্লি।

প্রজাগী অপাম্বা, দাবী পরেং! পরেং! পরেং
মনাক্তুদু শাথিনা ফুবিথি
পুলিসনা অহল অমদা, মন্ত্রীগী লম্বেল লম্লাম্বগী।
যেংনখি, ভাংনদে করিস্ন।

অঙাং লমহেনবা অমনদি 'অসিরা মান্নবা সমাজ?
লৈবাক অসিগী গণতন্ত্র?

শাউদ্রুনা লাউরকখি অঙাং'দ্রুনা পুলিস দ্রুই, মীনুংশি থংদবা।
সরকার, প্রজা মীয়ামগী
সরকার প্রজাগী, প্রজা-সরকার
ঠিকা তৌদ্রুনা ভারুখি, তেন্দর থোকখি
চহি মঙা-মঙাগী, থারকখি ঠিকা তৌজগে হায়দ্রুনা
কংগ্রেস, সোসিলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট
নেসনেলিষ্ট, জনসঙ্ঘ, অনোবা দল কয়া

অন্দোলন—

কেপিটালিজমগী মায়োক্ত শিনমী—
ঠিকাদারগী মায়োক্ত থবক শুব মী।
জমিদারগী মায়োক্ত লৌউবা লৌমী
মসিনি ঐথোয় গনতন্ত্র হায়ববু॥

পুক্কী, ফিজেৎকী, থম্মোইগী দাবী
গনতন্ত্র! গনতন্ত্র!!
আন্দোলন! আন্দোলন
প্রজাগী দাবী! প্রজাগী দাবী!! দাবী পিবিনবা

## চাওখৎপা পান্না

থেৎচিনবিরি কজরবা কল্লাং'হুদ
নেপোলিয়ন, হিটলার, বুদ্ধদেব, গান্ধী ;
মহুবু'মুক শেত্তৎলগা, থেৎচিল্লি অভাং অমনা
সিনিমাগী ফজরবা লাই থর—
শেত্তৎখি অভাং অমনা তেলঙ্গা শাননবা
'হুগা রাংনা পাইবা তান্নখি।
থর লৈরগা 'মুক সাইনবোর্ডতুদা থেৎচিল্লকখি
মেত্রিক টোন, লিটর, মিটরগী সিম্বোল।
নোংভাল্লকপদদি লৈরমত্রে।
থেৎচিল্লত্রে মথক্তুদা স্কুলগী ভোট, কলেজগী
লৈব্বাক রায়েন সাসনগী, ভোটকী সিম্বোল
সিম্বোল ! সিম্বোল !! সিম্বোল !!
ঐগা সিম্বোলগী ম.র্কাদ শিল নম্মীহুনা
প্রজাগী সেবা ফংহনবীয়ু, প্রজাগী সেবা
সিম্বে লহুগী মথক্তা অমুক নপশিনখি
রেড ক্রোস, হ্যুমেন রাইট, ইউ, এন, ও ;
প্রোহিবিসন. চাওখৎপা যোজনাগী থোরাং
সরকারগী পব্লিসিটিগী মীওইশিং

নোংমদি—

শুম চারবা সাইনবোর্ডতু, নোংলৈ মুংশিংনা হুমদোকখি
অনৌবা চাওখৎপৈ ঈচেলনা পুন্নমকপু চেন্থত্রি।
মীওইবৈ থম্মোইদ, ধর্ম্মদা, কলচরদা
পৃথিবীগী ওইবা, অনথকী ওইবা মীয়ামগী
মতমগী ফঙরবা ফল্লাংসি, নিংথাইরক্তুনা কিম্বরকখি
অনৌবা চাওখৎপৈ যুদ্ধন থোনবদা হাপ্পনি হায়হুনা॥

# রাজনিতিবালা

কৈদৌরুনি নপুন্সিদো
রারেম ঙাংহনা লোইথ্রনি।
নোংম ওইরসু ঐখোয়দি
ফংই ঈ চুপ্পা তাইবং মীগী
সুম্না খনখি কাকথৈকহনা
চাইরুং তারবা অহলহনদি
নিরি, ভিক্ষা হাপ্পিয়ু
ভোট 'মত্তং—ভোট
ঈ খৌরাংবা কাকথৈকগুম
প্রজাগী লন্দ মিকানবা
মীশিংবু উরগা
কাক্ক! খোংই হৌনা
খাক্ক খাক্ক তুকচহনা
ময়ামসি উনিংদহনা মুপা'মা
ময়ুম থাদোক্লুনা চংখি লংথৈদা।

পান চাহুনা শিখিবা

মাইরেন চাহুনা হল্লক্লো

কুম্বী কালেন নাইদে
অহিং মুংথিল থাক্কে
শুনরি, নোমনরি, কয়রি।
অমদগী অনি শুনবা
অনিদগী অহুম শুনবা
খ্বাইদে ফবে থন্নুনা
লৈরুবা পোৎ অমত্তং
অনৌবা দিজাইন হোংলকপদা
খ্বাইদে ফজবা পোত্তুনা
কাংথ থাংদ মতাখি।
পেনব নাইদে মীওইবা—
কল্লকপনা
খম্বনবনা
মীহৌবনা
হঙোই বোরোবীহু শিখি
শন লাবমুক চাওথোক্লুবদা।
মীনাইসু নিংথৌ ওইনিংলমগনি।
চীংদোন্দেদি 'মুক কুমথনরকই
নিংথৌসু মীনাই ওইনিংলমগনি।
অমুক কাবা;
অমুক কুম্বা
হল্লবীহুনা ভেংথাখি—
পান চাহুনা শিখিবা;
মাইরেল চাহুনা হল্লক্লো।
মসিনি জীবশিংনা পাম্নরিবা
অনৌবা মপোক কয়াগীদমক।

# মতোন থোক্ত্রবা মরূ

নিংশিংবা হায়বসিদি
হিংঙিব৷ মীওইবগী রাখলনি
বসন্ত লোইশ্রবস্থ নিংশিংলকই বসন্ত।
হেমন্ত লাক্রবস্থ নিংশিংলকই বসন্ত॥
হন্নবীহুনা কপখি, লাইফদিবী য়েংলুরগা।
হন্নবহুনা নোকখি, শনরাইনবা উরুরগা॥
'হুবু মহাক্তি
নোক্স, নোক্তে, কপস্থ কপ্তে
ময়াম চংহুনা য়েংনবদা
ওইরম্লে মাদি উকংলাই
হন্দোক্লরকখি মীয়াম, ময়াম
নমঃনা হায়রকখি
অঙাং ওইরিঙৈদ উখিবহু
ঙসি ফাওবা মায়রি॥
থুইজনখি ঐগী উনশাদি
তিংলম্বা ফজবা থাদোক্লুনা
লৈরি'হুবু 'হুমক ঙসি ফাওবা হ'রগুম
সহর কয়া উফুল ওনশ্রবস্থ লৈখিনি
মূর্তি'সিদি 'হুমক হোংদনা
লমজৈনা ওনগদবা মীওইবগী পুন্সিসে
লম অমফাও শাংলত্রে। শাংলমত্রে! শাংলমত্রে!!

# মীশা চানিংই, মীনু নমইদ

চাক্লিবা, য়ু-লিক্লি
ওক্কেবী—
ময়ামসিনা ঐবু
থমাইথি—
অনৌবা পুন্সি কংননবা
ঐগী মরুপ্না ডাওথি !
নুংশিনবগী কোটোদো উরগা
ওসি কাওবদা, ওসিকাও

চহি মতাং হেল্লবা
মীয়ামদি ওন্দুনা তোকখ্রে-'ছবু মাদি।

অশিংবনা থাকপা কোমছুদ
পুখথি অপ'বা কাংবু থরা
মশাগী হোরৎপা থংদমখৈ ;
তুম্নমদাইদ তাথি অওাংছনা
ফুঙ্গা য়ায়ী, চাকওাই য়ায়ী
হিংচাবীগী য়ায়ী, ওথ্রাগী, লাই খুৎশাংবীগী
মীশা চানিংই, মীনু নমইদ
ওসি কাওবা নিংশিংলি
মীশা চানিংই ; মীনু নমইদ ;
'কদায়দা লৈখ্রে হিংচাবীশিংছুবো
হিংলমখিগদ্রা ? ঐখোয়গী ইরক্ত ত্থিজনগদ্রা ?
ঐখোয়গী ইরক্ত ত্থিজনগদ্রা ?
ঐখোয়গী ইরক্ত য়াওজনগদ্রা ?

# এক্স-রে

অশোয়বা মীওইবগী রাখল্‌হ্‌
উপি থবক্তী এক্স-রেদ
শল রাইনথি খয়া-নোংবান
থোইবী মচুংলাংগী অমোমগীদমক
ফিলোসোফরগী থোপ মথাদগী
'মুক ফিলম কাপথোক্লুনা য়েংননবা
খোংবান উসিংপা মুপাহুনা
অমোংবা ওা উহনয়
কাথৎলক্লে তিষ্ণা কিহুনা
ওারাকপিনা ওাইহুনা লাকখ্রে
কাগনি থমজবা ওাশিংদো !!
য়োংনা তল য়েনবিয়গা
হৌদোং'নিনা চিকুরি।
পুয়মক অসি উরুরগা
মুপা অমা হন্নকথি
লাংগী উচেক-পুরক্তুনা
মঙ্গুমদা মুনা তৌরবা ।।

## লাই শারগা লাই য়েংবগা

লাই য়েকপা মুপাহনা
অঙকপা লাই'মা শারগা
থুগাইরম্মী মচেৎ মচেৎ
য়েংথি করি য়াওরিবা ?
করিনো মসিনা শুমহৎখিবা
মীওইবনা, য়েংলগা লাইসিবু ॥
করিস্থ য়াওদে
মৈ ইকপা লৈবাক ওাক্তমি
মহুদ ঐনা তৈশিনবনি
মচু-মচু! মথল মথেল মচু।
মচেৎ-মচেৎসি উরগনা।
করিগী মীওইবনা খোয়শাওনরিবা
ঐনদি মুক হোৎনরি
অনৌবা শকথম অমা
শুমহৎনবা মহুনা ঐবুস্থ।
'হুব্রু ঐঙোন্দিদি শুমহৎখিদে
মচুগা, লৈবাকা তিনশিনবনি থঙ্গুবদা।
অয়েংব' অরৈবা কাংবুনদি
শুমহৎখি, শুমহৎখি মথম্মোই।
ময়ামসি উবগা ঐনদি
তুমিন্না নোকথি তাহন্দনা
মচল কয়াগী মচুগী তিনশিন্নবদা
লাংতক্কখি মীওইবা ! লাংতক্কখি
খেন্নবা হায়বু
লাই শাবগী মিৎয়েংগা
লাই য়েংবগী মিৎয়েংগা ॥